# খৌরি অমম্বুং শাম্মু লমশা

(১৯৯০-৯৪)




কুলধ্বজ

# THOURI AMASUNG SHAMU LAMSHA

**a collection of Manipuri Poems by K. Kulladhwaja**




অফোঙবা—অইবা

অহানবা ফোঙবা :  আগষ্ট ১[illegible]
কোপী মশিং :—১০০০

মথুম :  বিরেন্দ্রজিৎ নাউরেম।
ব্লোক :  এন, মঙ্গী সিংহ এণ্ড সন্স।

মমল —লুপা ১০/- (লনাই পাননবগীদমক)
লুপা ২?/- (সরকার অমসুং লাইব্রেরীদা)

সত্ত্ব পুন্নমক অইবগীনি।

নম্ফম—নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং বার্কস
পাউনা বাজার, ইম্ফাল।

হান্নগী —

১। রোজেন (ডিটেক্তিভ উপন্যাস, ১৯৭৯)
২। অমম্বা মপৈ অমনা ঔবু কৌখিবনি (উপন্যাস, ১৯৮৬)
৩। ইম্ফালগী মৈ (শৈরেং, ১৯৯০)

# করিগুম্বা খরদং

ক্ষোরমেট অমা অনী নম্বা হৌগংলবা মতুংদা নোংমা ঐগী লোয়নবীগা প্রেসতা চংলুই। ঐগী কুপ্পু য়ারে হায়দুনা কনাম্ভ তান্নরুবা তৌদনা হেক্তা হাখু হাখু পীশল্লুবনি প্রেসতা। লোয়নবীনা য়েংলুবদদি অশোয়বশিং লোয়না হায়রক্লে গেট অপ, অতুগা বানাগী অকম অয়াং। তশেংনমক কুপ্পসি মুপীনা খরা হেল্লি। মুমিংসিদা মহাক য়াওরমদ্রবদি খরা শোয়বিবসিগী মথক্তা য়াম্ন শাখীনা শোয়রমগনি। হায়া নমথিবনা নমখ্রে, মখা তারকপদদি শোয়দনবা কম্না হোৎনজে, অদুমক্তদা পেন্দবদি অহুম্মক লৈতবা নত্তে। মীওইববু পেনবা নাহিনরুনে?

নোংমা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী ওফিসতা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগা তাজা চাদুনা হেক থেংনরে। চে কলম পীশল্লি, লাইদি য়েক্তবীদা লাইবিক মপুমগীদমক্তা মমিং খরা থাবীরম্মু। খুদক্তা য়েকই। ত্রসনা নত্রবদি ফজররোই, খরা ফজহনসি হায়দুনা অয়েকপাদু ময়ুমদা পুথি। ময়ুমদা চৎলুই, যাম্না ফজনা য়েকপীরকই।

মথুংস্তু ওস্তোক্লা য়াংগ্রে প্রেস রার্করশিং। প্রুফ ককপদগী ময়েক শাজিল্লকপন হাল্লি। ককপদা কয়াদি রাখ্রে। অদুবু থুবগী মুভাইবদি করিদা হায়রুগদগে? থুবা, হানবা তান্নবা হায়বসিদি মীওইবগী মনাংনি।

মমামসিবু ওইননবা হোৎনবীরিবশিং ইমিৎশি উইশিনবদা উহুনতা লৈ।

"থৌরি" বানান অসিগী দমক্তদি ঙাক্কপীগনি। অথঙ অহৈশান, তাকপীবকপা যাই "থৌরী" হায়ু। পামজবা হায়বসি থিংবা ঙমদে "ি" ওইহন্নিংমন্দুনা ওইহনখ্রে। শৈরেং "হন্নবা অমা" কবি তামো ইরোমচাগী "হন্নবী অমসুং পোক্তব" গা মান্নরে হায়বক্কনি নীংলুবনা লৌথোক্লসিবা থল্লরুই। হাপনিংমন্দুনা হাপাখ্রে, হাইরদ মীযাম্না করি ঙাংনবক্কদবা। এন্থোলোজিদা হান্না ফোংখ্রবা শৈরেং অমা অমুক হন্না ইশাগী লাইরিক্তা ফোঙজ্জব য়াহনবীবকথিবা এদিটর, করম্না থ গত্তবা ঙমগনি?

কুঞ্জধ্বজ

৫।৮।১৯৯৬

## মথুংদা

## পাথোরকপা

ঈ়চাং চোংলে নৈমায়সে
ইতৈ তৈরে নৈখোম্না।
ইচোক চোকথরে
ইপং পংথরে
ঈশিংনা পাথোরকপদা।

২৯/৫/৯০

খোরি অমত্থুং শাম্নু লমশা।

# ককচেং শঙ্গু অমসুং হয়িং মপী

ককচেং শঙ্গু অমনা
তিম্ব্রোক অশিবা অমা পুরকই।
শামু মপী অমা লাকই,
শামুগী খোঙপাক্লা নেংখায়রবদা
ককচেং শঙ্গু মথক্লায় থায়।
কনাস্থু খঙদে, কনানস্থু উদে, কনানস্থু শোন্নদে,
হয়িং মপী অমা শি
খীবোং চামন্দুনা।
শোরাং শোল্লি, ময়াম কপ্লে;
পুক্সি রারী ইশল্লি,
মপোক হুমিং কুমওন পালন তৌনৈ
চহী খুদিংগী
নিংশিঙহুন হয়িং মপীবু।

৬/১২/৯০

# কুমগী নোংনা তারক্লবদা

অমুবা লৈচিলগী মপৈনা
মায়কৈ শিন থুংনা কুপশিল্লক্লে
পুম্মম মন্না তাইবংপালসে
হয়াওজৈ কংলৈ লৌমীশিং।
অতুবু তারকপা লৈখিদ্রে নোংলিক অমত্তম্ব
কংগ্রে লবুক লম্মাং, খোংবাল লুক্রাং
রাজরে লৌমীশিং;
অতুবু হয়াওজৈ শেঙ্গাও পায়বা লল্লোনবশিং
ইশৈবু শক্লি মচিন্না
"চাক তাংলো লৌমী শিরো,
শেল লাক্লো, জগোঈ শারো
হে যুমগী মুপী নিংথিবী।"
ইম্ফাল কৈথেলগী ময়াইদা
লাইনিংবশিংনা জগোঈ শাই, পুং য়ৈ
"হরে রাম, হরে কৃষ্ণ
কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে।"
উমং লাই লম থোরকই
মুপী কৈথেল মপাদা ডাওশন্নরকই
খা রাং কোইচেল চেল্লি।
নহারোল পাখং লৈশাশিং
লমজাও শরক্তা পুল্লপ পুল্লপ লেপ্পী
অরাকপা গাড়ী থংলি
তেংবাং নি।

কৈথেল ময়াইদা ফম্বা খোঙতেকপা
সুমিৎ ভারকপদা হনখি
শিকি অমতম্ থাদবীরমদ্রবা
মহাক্কী ফিগাওহ্ পুরহুনা.
লৈঙাকপশিংনা লাওই
"লৈবাক্কীদমক্তা থল্লু, পুন্সি কথোকউ, শিবা কিগন্নু."
য়াংখৎলকই লৈঙাকপগী দোলানদি
মথোল অহুমদগী মরী, মরীদগী মঙা।
চরা হেল্লি লায়রবশিং, লৈঙাকপগী দোলান শাবশিং

১৭/৪/৯১

# লোনশিনথ্রবা থোঙ

ফনা কুইরে হাংলকুবা
শথিতোম্বীগী পান হুকান।
কদায়দা চৎপ্রবনো খঙদে মহাক
মচা কপচেৎপীহু কন্দোক্লয়গা
ময়ুমহুম পানথ্রবরা
নৎত্রগা
ব্রাদনা হিংবা লম্বেলদা থোঙ থাংজিনথ্রবরা
চিংনবন্তনা থল্লে,
চিংনিঙাইত ওইরে ;
মুনতিগী লাকই
মশ: নানবা মুপাশিং
নিংবা কায়না হন্নথি
থোঙ হাংলমদবদা
শথিতোম্বীগী পান হুকান।
উচিশিং
মথোয়না মনিং তম্না শান্নে
লোনশিনথ্রবা থোঙ অহুগী মমুংদা।
মুংশি চিল্লোক্লৈ উচি লাবা অমসুং উচি অমোম।
অমাং কৈরোম্ন শান্নে কাচিন অমদগী কাচিন অমদা চেল্লি
অমোৎপগী লীস। শান্নে লময়াইদ। ইফোং ফোংনা
থোঙগী অহোবা মথুলদা মুমিৎনা য়েংলক্লি হায়বফাও খঙদমখৈ।
উফুল মপৈ মপৈ
পাইশল্লকই থোঙগী অহোবা মথুলশিংদা
মীৎকুপ খুদিংগী মোৎহল্লকই

তরু তনান্না লৈজরম্বা পোংশকশিং :

অমোংপা মরক্তুদা

লেপ্তনা খুন্দাশিল্লকই অমোংপা মহিকশিংনা

মখোয়না শেম্লনবা হোংনরকই

অমোংপগী মালেম

মখোয়গী অমোংপগী মালেম।

মখোয়গী মায়োক্তা কনাম্ম থোরক্রে,

শখিতোম্বীসু লাকখিত্রে

থোঙ অসুম্মক হাংখিত্রে।

২৮।৫।৯১

# থৌরি অমসুং শামু লমশা

থৌরি,
নঙনা ঐবু পুনশিল্লি
অসুম পুনশিল্লি
চেৎনা, য়াম্না চেৎনা।
ঐনা,
হোংনৈ নাম্থোক্কবা
নঙগী কিসিদগী নাম্থোক্কবা।
চৎনিংই চীংলেন লাম্না
য়েংনিংই মালেমগী ফক্তবা
অথকপা অরংব মচু মচুগী কুম্মৈশিং।
অহুবু,
শারংহুংদা থম্বীরে ঐবু
থৌরি নঙনা চেৎনা কিশিন্দুনা।
পুনখ্রে নঙনা মীওইবা পুম্নমক।
মুংশিবনি,
মুংশিবগী থৌরিনি
মীওইবশিংবু পুল্লিবসি।
ঐনা খল্লি,
ঐবু পুল্লিবা থৌরিসিমক মুংশিবগীনি।
অতুনা ঐ হাদে, কপতে
ঐবু অসুক চেৎনা পুনশিনখ্রবকা ওবদা
নঙনা খল্লি,
অঙাওবা ষণলাবশিং
শামু লমশাশিং,

পুন্নমত্রবদি নঙনা
মখোয় মনিং তন্নমগনি,
মকি শেৎপা থঙত্রবা
যণলাবশিং শাম্বু লমশাশিংনা
কৈথেলগী মীয়াম তিনকমদা চংলুগনি ।

ঐনা,

নাম্বোক্লবা কয়ারক হোৎনৈ
লাই নিংলুগে চীংঙুংদা
মঙাল ফংলুগে বুদ্ধগুম
অহুবু ওইথোক্লে ।

নাম্বোকুই,

থৌরিহুদগী, চৎলুই মকম থুদিং কোইনা
লৈরমদে করিস্থু,
লৈকংলাগী লৈকংলামক্তা
পুমহাং হাংলম্মী,
পুম্মম মমলম্মী মাংলেনস্থু অতিয়াস্থু
ফুংশিবা মচেৎ অমত্তা পক্লবা লমশাশিংনা
চীক্লবগী খোংপেলতমক ওারম্মী ।
মঙাল অমতস্থু থেংনদে ।
কিরক্লহুনা ঐনা
হারক্লহুনা হকচাং
হল্লকই থৌরি নঙগী ননাক্তা ।

অহুদগী,

পোথাজরে হারবা হকচাংসে কোইনা চৎলুংগা ।
পুল্লো, ঐবু পুল্লো

থৌরি নঙনা।

ঐ খঙলে

ঐদি শামু লমশানি।

অছুবু থৌরি,

ইঙক্কুদি থুরকন্থ কোঙোয়হু।

অথৌবা কয়া লানথ্রেদনা

থৌরি কোঙোয় নঙগী হাকথক্কা।

পুন্নু ঐবু,

ঈখোঙদা নত্রগা ঈখুত্তা।

২০/৮/৯১

# অমম্বা কা 'ঙ্গুংশিদা

অপীকপা কা
ঐখোয়গী অপীকপা কাদা থাল্লম্বা মৈ
মুংথি খঙহৌদনা
অকনবা নোংলৈছুনা হুম্লকপদা
মল্লে, পুম্মম মল্লে কা অসে।
কনাসু লৈতে মফমসিদা
মৈ চুখৎপা ঙম্বা, থানগৎপা ঙম্বা।
থোরকপা কৈ কনাগুম্বা অমত্তুংদি
মৈ শেম্বা হৈবা চুখৎপা ঙম্বা, থানগৎপা ঙম্বা
ঙান্নবা ঐখোযগী অপীকপা কা অসে,
উননবা ঐখোয মশেন অমগা অমগ।
কা'সিনবু ঙাল্লবদি অমুক্তং
ঙানগনি ঐখোয়গী রাখল
মঙাল ফংলবা ঐখোয়গী কোকসে
উৎলুগনি মালেম শিম্বা খুংনা
ঐখোয়সু কোক পাল্লি,
মিৎ পাল্লি, খোঙ খুৎ পাল্লি
হকচাং কয়াৎ পুম্বা সুরি হায়বসি।
অতুবু থোরক্কে কনাগুম্বা অমত্তা
লৈত্রমাল্লে মৈ শেম্বা হৈবা;
অহৈবদি শানৈ মহৈ মহৈ
অতুবু ঙালহনবদি অমত্তা ঙম্লদে:
মমতুনা লৈরি অমুম্মক।

থৌরি অমসুং শাস্ত্র লমদা/১০

অমম্বা কা অশিগী মন্নুংদা
ঐখোয় মশেল পংলাওত লাওনৈ
পংচৈত চৈনৈ
পংভনতা ভনৈন্নে, পংখত্তা খৎনৈ।

৬/৮/৯২

খোঁরি অমসুং শানু লমশা/১৭

# ঋাগন্নু ইঁমা

অথৌবা কয়া চৎথ্র'স্নু
অথৌবা কয়া লাকখিনি
করিগী নিংহন্নরি ইমা ?
অন্নাবা করানা নশরুক ওইর'স্নু
সুংঙাইবগী শরুক থুংলখিনি
করিগী কপলি ইমা ?
অমুবা লৈচিলনা থাংলবা অতিয়াদগী
চুথরক্লনি নোং ঝম ঝম
করিগী সুংশুক সুংজানরি ইমা ?
অকংবা লবুক লমহাং
মহৈ মরোংনা জুম জুম লাওরখিনি
করিগী অহুক ঋারি ইমা ?
শিৎলিবা নোংলৈ অকনবা
লেপখিনি শোয়দনা
করিগী'তুক সুংনাংলি ইমা ?
কৌরৌহম্বনা অতিয়াদা থোরক্লনি
মশেক মঙালনা ঙাল্লনি মণিপুর।

১৭/৮/১৯৯২

# ঈশিং চাউবা

ঙুনিং নীনী চুখিবা লেপ্পুবা নো ঙুনি,
ভুরেলশিং ঈমায় চোল্লকই
তাউথরকই বোবা শেগায়না লায়রবগী
তাউথবকই যগ অশিবশিং, ইবোঙশিং, তাসেংশিং ।
সহরগী লৈরক লৈরক্তা পাখং লৈশাবী শঙ্ শঙ্
ঈশিং যেনা থোরকই
রারী শানৈ
"অস্বাইসিদি খাং য়োবে,
অশ্বাইসিদি খুঁতমক যৌবি.
মম ভাসিমদি থৃমলে ।"
নোক্নি মখোয় থুম্রবা য়ূমত্তব য়েংলগা ।
ঈশিংনা কাংথোল লুপশিল্লক্রবদা ।
য়ুমত্তদা লৈরম্বা লাইরবী মমা মচাতু চংখি
পোংয়োম চৈয়োম য়োম্লহনা,
খঙদে কদায় য়ৌগ্রবা ।
লাউথোরকই সরকারনা পাউ চেদা, রেডিওদা ।
"ফ্লদ এফেক্তেদ এরিয়াশিংদা
চেং, কেবসিন, চিনি, থুম থাউ
লেম্না লেম্না য়েনথ্রে য়ুমথোং খুদিং ।"
পাউ চেগী পাউমী অমনা কোম্বনা চন্তুনা য়েংলুই
"চাউনী ঈমুংতু চরা হেনবা ঙুনিং নীনী স্নুহৌরে,
তোম্বীগী ঈমুং লৈফম লৈহৌদে, সরকারগী চেঙস্লু ফংহৌদে,
মেমেগী মচা শিহৌরে, ডাক্তরনা থারকপা হিদাক পীজহৌদবদগী ।"
দুকান্দার তোলমুদি ঈশৈ ঙংহৌই, মোমোন নোকহৌরি,
হিসাব পাহৌরি—হবাইগী, ডারিগী, থুমগী, থাউগী ।

২০/২/৯৩

# মরুপ

হুমিংনা ফুদোরকচৈ মাগী মশেক মঙাল
নঙনা চোংথোকখি ইশাদগী
ঐনা চৎপা খুদিং নঙসু লাকখি।
অঙানবা মায়কৈদা চঙশিল্লি ঐনা
নঙনা চিংই ইখুৎ পায়রদুনা
"চৎখিন্নু চৎখিন্নু"
লোয়নননা
পুশল্লি ঐবু ইখুৎ পায়দুনা
অমম্বা মায়কৈদা অসুম অসুম,
অসুম অসুম।
ঐনা হংই নঙোন্দা রাহং কয়া
নঙনসু হংই ঐঙোন্দা,
পাউখুমদি অমতসু পীনদে।
মরাই চায়থত্রবদা হুমিংনা
অতুগা মশেক মঙাল পুম্বা মাঙত্রবদা
নঙসু মাঙখি
অমম্বগা মরুপ শান্নখি নঙনা
ঐবু থাদোক্লমদুনা
ঐবু হন্দোক্লমদুনা।
চৎমিন্নখিবদাইনে ইবানি
থাবল্লক্ত' কয়ারক হন্না
শকমিন্নখিবদাই উশৈ
কাউরবরা মরুপ।
ঐগী হকচাংগী মরুপ।

২৭/২/৮২

# ফক্লাংগী অয়েকপা লাইশিং

নুপীশিংনা লাকই মকে শেম্মহুনা

নুপীশিং চৎথি ; মখোয় মশেল বাব্রী শাম্নহুন।

কা অসিদা থেংলিবা লাইশিং য়েংলম্মী

ফজৈ ফজদে ভাংনরম্মী।

থোঙ থোঙনাউপুম্বা হাংদোক্লি

থোঙনাউদা য়েংথোকখিবদা উরি মৈথু কাবা

মৈথুগী মৈথুমতুনি।

মৈথুমা লেপ্না ফুজল্লকই

থোঙনাউদা, থোঙদা, ফক্লাংগী অহোবা মথুলশিংদা।

"মালেম ; মৈথুনা মোৎহল্লবা মালেম অমত্তু নুংশিংবগী লৈরোল"

হীবম অসিগী মতাংদা রা ভাংলম্মী

যুনিভর্সিটিগী এঝা অমনা।

মহাক্কী লেকচর ভানা ভানা

অরা পোৎথ রম্মী মীওই খরা

মথুং খুৎশাগী কাবক্লা চুকট মচৈ অমমম চপ্লহুনা।

নোংমা অহিং অমা

অচৌবা কা অসি থংপাক পীকশল্লকই

ইলেকত্রিক্কী মৈসু মুংথি

টেবল মৈক্রি অমত্তসু লৈরমদে

ফক শেংদায়বা অমা থারহুনা

মফি মরোল পংনান নান্দবা নুপা খরা কম্নম্মী

গ্লাস খরা, লিক্রি অমা, কাংঙৌ বোরা খরা :

চারম্মী থক্লম্মী রা থম্নরম্মী

পোলিটিক্স, সিভিক্স, ইকোনোমিক্স, ফিলোসোফি

হীরম কয়ানি থন্নখিবা ;

মখোয়গী রারি তাবদা মুংশিং শিংলকখি নোং তারকখি
থোঙনাউদা লিংশিল্লকই নোংলিকশিংনা মুংশিংকা লোয়নদুনা
মখোয়গী মমায়দা, নজন্দা, পুক্তা নাল্লম্মী
হরাওনা, মুংশিনা অমদি তুকচনা।
বেরী মথী, চুরুট মথী অমদি মৈখেৎ মরুনা চায়রবা
কা অসিমক্তদা মথংগী মুমিৎ অমদা
আর্ট এগজিবিসন অমা পাঙথোকখি।
লাইশিং, মগুণ লৈরবা ফজরবা লাইশিং
কয়ানা পীক থনখি.
এপ্রিসিয়েসন, ক্রিটিসিজম মীওই কয়াগী
মখোয়না ভাংলম্বগী নৈনরম্বগী
রাহৈ কয়ানা ইনিল নিলখি।
পৃথিবীগী মরমদা, লানগী, লায়নাগী, মীশীংগী,
সাহিত্যগী, সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিগী
তোঙান তোঙানবা হীরমদা সেমিনার তৌরে কা অসিদা।
ফক্লাংগী লাইশিংনা তুমিন তুমিন্না তায়
অদুগা অথেঙবা অহিংশিংদা কপ্পী তুমিন তুমিন।
মুপীশিং ; মখোয়না লাকই অথেঙবা অহিংদা মৈরা পায়দুনা
লাইশিং অসিবু থেমজিল্লমই কপকমু হায়না
অদুগা মখোয় হনখি মমুম মমুমদা

২৬/৬/৯০




# নূংগী থম্মোয়

"নূং ওল্লগে ঐ"
অসুম্না হেক হেক খল্লকই
নূং ওল্লনবা হোৎনৈ
থম্মোয় অতুগা হকচাং কয়াৎ পুন্না
নূংগী থম্মোয়
নূংগী মীৎ
নূংগী খুৎ—,
দ হেপী প্রীন্স :
কায়খিদবরা মুর্ত্তিতু মচেৎ মচেৎ
প্রীন্সকী ধাতুগী থম্মোয়।
ঐগী থম্মোয়দি কায়রোই লুংকাই কাইরোই
ঐনা লেপকনি
লম্বীদা, মীয়াম তিনবা মফমদা
লাউগনি খুৎ থাঙ্গৎতুনা
"নূং ওল্লসি ঐখোয়পুম্বা
ওইরসি ঐখোয় নূংগী মী।"
ঈ শাগৎলবা নহারোলশিংনা
বোম পোকখায়হল্লকপা য়াই
থুগায়রকপ য়াই ঐবু মচেৎ মচেৎ তানা
নেতাজিগী লুংগী মুর্ত্তি থুগাইবগুম
অতুবু ঐনা হায়গনি
"নখোয়না থুগায়রবসু ঐগী লুংগী হকচাং
ঐগী থম্মোয়দি কায়দে,

শ্রী থম্মোয়দা যাওবি “সুংশিল”

অতুগা “নাইতোম তানিংদবা”

অমদি “পুন্না হিংমিন্নবগী রাখল”

১/২০/৯৩

থাঁরি অমসু' শান্তু লমশা।/৭৮

# মালেমগী ফিভম

মংলম্বা নোং,
কবিগী চুরমদনা পাইখ্রি ?
খোঁরাংলবী মালেমনা নঙতবু ঙাইজরম্বা
নঙগী মায়গৈতবু য়েংলম্বা
কবিগী খঙবীদে নঙনা
মালংবা,
কবিগী তম্বীদে নঙনা
রাজরবী খোঁগংলবী মালেমগী মপাউ ?
থক্তা থোক্লিবা থাজ,
নঙদি উরিগনি খঙলিগনি
মালেম মাগী অরাবা।
মালেম ; খোঁগংলবী মালেমথক
মৈগী মুংশিং শিংলিবা
অত্নগা লৈঙোইগী তুরেল
লাইজ অমতম্মু য়াওদ্রবা,
মুংশাগী মৈশানা কাথেক্লবা
মুশিন মুববা মীওইবশিংনা
কবিগীনো মশাগী মশম ফোইবিবা
মানা ফোয়রিবা
চাথোক্লিবা মশানা মশাগী তোংশাবু।
লোৎখ্রো হে থাজ নঙমু
চায়থরগম্মু নঙগী নঙাল
লৈকংলা ওল্লবা মালেমথক্তা।

খোঁরি অমম্মুং শামু লমশা/৬৯

কৈদৌরুগনি

মহৌশাগী খলনা কায়থবক্লবদ'
মুংশিং শিংলক্তবদা
নোং চুবক্তবদা
মুংশি ঈশৈ শক্লবগী ?
অত্থনা।
ঈশৈ শকনু
বাঁসি খোংগনু
হে শৈশকপা,
হে বাঁসি খোংবা।

২০/১১/৯৩

# হন্নুবা অমা

মরাইবক্কা মখূউদা শৌরহুনা ফম্লি হন্নুবা অমা
কুইরে ফমলক্লিবা থোংনাংথোঙসিদা।
অচৎ অওকশিংনা লংশল্লম্মী অমোৎ অকায়
লোক তিল শিৎচিল্লম্মী
পানকোদাং ওশল্লম্মী,
করিস্নু হায়দে হন্নুবা
অসুম্মক ফম্লহুনা রাখল তৌরি।
নোংমৈ কাপ্পরকই, মীয়াম চেপ্পরকই
বোম পোকখায়রকই
লাম্মীশিং লাকই মখূত্তা খুংলাই পায়রহুনা
মমিৎ মনা কোরোক কোরোক ওংলহুনা
য়েংলৈ অচৎ অওকশিংদা
মখোয়না কাওশল্লম্মী হন্নুবদা
হন্নুবা করিস্নু হায়দে
অসুম্মক ফম্লি তুমিন্না।
হুপী অমা লাকই
মফি মরোল শেমজিল্লকই হন্নুবগী মাপাদা।
নুপা অম. ..কই
মপান থোকচিল্লগা হনথি।
অঙাং অমা লাক্লম্মী
হন্নুবগী মশম পায়হুনা চিংলম্মী
হন্নুবা করিস্নু হায়দে, তুমিন্না ফম্মী।

কদোমদগীনে। পাইশিল্লকপা নোংমৈ মরু অমনা
হনুবগী নঙ্গলদগী থবাকলোমদ, ফাওদোকপ্রে
ঈথেংতনা থূম্লে লৈমায়থক
ঈগী তুরেল চেল্লক্লে কংলৈ লৈমায়,
ঈথেং পায়বা তিনফা কাকৈ কাংশিংনা
মরেং মরেং চৎলক্লে,
তাউথরক্লে হনুবগী হকচাং ঈগী তুরেলদা।
লংজাশিংনা পাইশিল্লকুনা
শেং শেত্তুনা চারক্লে হনুবগী হকচাং
চীক্লরক্লে মখোয় মশেল
হনুবগী তোংশা মুম্নবদা।
হুইশিং হৌদোংশিংনা
লংজাগী মতৌ উরগা
হৌনা হৌনা কপ্লক্লে
মীকপ মীয়াওতনা নিল্লক্লে ঈবৈবাক।

১৪। ১১। ১৯৯৩

# নোংঙাল্লকপদা

উপাল অসিগী মথাদা নুপী অমা ফম্লি।
নোংঙানবদগী ফম্নকপত্তুনা নুমিৎ তাবনফাওদা অস্নুঙ্কক ফম্লি
শন্থুন নাম্থরকই চোইনা তারকই শয়াংশিং
নুমিদাংবাইগী মালংনা হুম্নকপদা।
নাম্থরকই ফীজি
তাখি লৈমায়দা ইম্নফি
নুমিৎ তাশিল্লকপদা।
থাবলগী মঙাল চাইথবকই, মাগী
ভৌবা হকচাং কয়াৎকী মফম মফম থুদিংদা।
থাবল্লক্রা হৌগত্তুনা চেল্লকই
তাহৌই ইম্নফি
তাহৌই ফুরিৎ
তাহৌই ফনেক
তাহৌই তত্তুনা মচোই মচোই শয়াংশিং
মথংগী অয়ুক্তা
ইংথ্রবা নিংথমগী উল্লেনলক্রা
ফম্নন্মী নুপীদু
বিকিনি [illegible] তুনা
নুমিৎকী [illegible]ক মঙালনা
মহাক্কী হকচা[illegible] কয়াৎশিংদা
শান্নরকই [illegible] থেংথুত্তুনা।

২৬। ১১। ১৯৯৩

থৌরিঃ অমঃ শান্নু লমশা/২৩

# অঙাঙবা থম্বাল

পৃথিবিসিগী ঈমায়দা থম্বাল অঙাঙবা মা শাংলি
কেল্লকই ঈমায়থক্তা থম্বালগী লৈনা অমমম
নোংমা নোংমগী
নোংমা নোংমগী।
তাওথোকখি থম্বালগী লৈনাশিং
লুপথখি অসুম ঈরোলনুংদা।
অদুবু থম্বালগী লৈনা রাংপা লৈতে।
অমা কেনখিবদা অনী চোংথংলি
অনী কেনখিবদা অহুম চোংথংলি।
খোইমুশিং পাইরকখি
মখোয়না চিকথংলম্মী লৈনাশিং,
খোইমুগী চৈথেং ফংলবা লৈনাশিং
মচোই মচোই চবুন চবুন কেনখি।
লৈনাদগী খিকথরম্মা ঈ মরিকশিংনা
ঙাঙবা অসুম হেনগৎলকই অঙাঙবা থম্বালগী মচু ;
থম্বালনা মপুং ফানা শাৎকায়রকপা মুমিত্তা
থমচেৎ মরুশিং চোংথোরকই।
পাইথোরকই মরুশিং
খোইমুশিং তল্লদুনা।
খোইমু কয়া শিখি থমচেৎ মরুনা পান্দুনা।
শাউরদুনা পৃথি মপুনা
থম্বালগী লৈথোক খুদেকই।
অদুবু কৈদৌরুনি লৈথোকতমক খুদেক্লগা

হয়েং অয়ুক অঙনবদদি
পৃথিবী মফম মফম খুদিংদা।
অঙাংবা থম্বালতনা।
চযোম শানা। শাংলবগনি।

২৭/১১/১৯৯৩

# উন নিংখাম্নবা

মুমিংনা চাইথরকই মন্তাল মালেমথক্তা
হরাওজে মালেমবা
মুমিং মাবু উরগা।
ইকাইতুনা উনগী চীংজাএশিং
লুকথরক্লে মমায় তপ্না তপ্না
মায়থীবগী পীরাংশিং শীন্থরতুনা।
উনাশিংদা পক্লম্বা লিক্লাশিং
পাইখ্রে ইকাইতুনা।
মোমোন নোক্লক্লে
অহিংচুপ্পা কপলম্বা উপালশিং।
খোয়শাওনরবা উনগী চীংমায়না
কল্লক থম্বনবগা লোয়ননা
তকথরক্লে মালেম নৈমায়থক্তা
ননশিল্লরে উজাউশিং য়ুমশিং
খুঙ্গং অমা পাকতক্লনা মাঙহনখ্রে
শিহনখ্রে মীওই কয়া
শিহনখ্রে য়ুমশা কয়া।

৩০। ১১। ১৯৯৪

# নিংশিং খুভম

চোক্লা শাবনি চেকশিল্লা।
ৱাইটিং সেদ অসিগী
য়ুম্বীশিং
ফক্লাংশিং।
চোক্লুম অমা কেনখি
অনী কেনখি
অহুম কেনখি
মথং মথং কেনখি।
ওসিদি চোক্কী য়ুম্বীত্থ
ৱানা মহুৎ শিল্লম্রে
চোক্কী ফক্লাংসু ওম্না নিংখায়বম্লে
ফম্ফমসু অমতা লৈবমদ্রে।
নহারোলশিংনা কাবাটি প্রাক্টিস তৌশল্লমগনি,
লমহৈনবা ঘন লাবশিংনা
সুংশি খওদনা ৱাইশিল্লমগনি।
করি ওইবে হৌজিক্কি
উবেদনা ফিভম অসে।
নোংমদি ৱাগী য়ুম্বীশিং অসি থুদেক্লম্লগনি
অত্থুদগী য়ুমথক্কী জিঙ্খশিং অসিসু
সুংশিংনা ওম্না হুমদোকখ্রগনি,
অত্থুদগীদি করি?
নিংশিং খুভম অমা
মানি, নিংশিং খুভম অত্থুগীদমক্কি
ঐনা শৈবেং ইন্নিবা।

১ । ১২ । '৯৩

খৌরি অমত্থ শাম্নু লম্বশা/২৭

# মপানগী তাইবঙ

নকোক নরু খুমজিল্লহুনা
নমায় ইরুক লুকথরহুনা
করি মঙ মঙলিবা ?
তাদবরা য়ৈরক্লিবসে মমাঙথোং দা দং দং ?
কান্নবোই হৌগংলু
থোঙ হাংলুচো, য়েংলুচো
কনানো লাকলিবসে।
কপ্লুনা নৈরন্নু কঞ্জগী মতম লৈতে.
নোক্লুনম্নু নৈগন্নু
নোকফমগী মরম ইবৈ লৈতে।
খ্বাংচেং শেংকংলু
মৈরা পায়খংলু
হাংলুচো অমুক্তদি মমাংথোংসে।
য়েংঙুসে নুমিৎম্নু ইরং লংনা থোরক্লে
পুরক্লে অনৌবা পাউজেল অমা মালংনা
শান্নরগে ফক্লাংদা ঙা থেংহুনা।
অসিংক্তদা নঙনা
নুংশিৎ নুংশা চঙক্রবা কোম্নুংতুদা
অথাবা ফৈজুপন্নুংদা কুল্লিবা।

৩/১২/'৯৩

# খুৎহাই

লম্বী লমখায় থুদিং নভনা লেপ্‌না
হুইসেল খোংলম্মী
নখুৎ হাইবম্মী।
নঙগী হুইসেল ভাবদা
মীয়াম্মা মতিল শিংখি।
মখোয়না নঙবু ভুকচ্ছবগী মরম, ভাথীবগী মবম—
মরমদি নহাক্লা
অমুক'মুক নখুৎ হাইরম্বদা
মীওই কয়াগী মঙক কেনখি
ঙুপী কয়াগী মফি মুনখি।

৪/১২/'৯০

## উচি

ঐনা তূম্নিঙৈ নাখোক্নুনা
চীকথৎলম্মে ইশাপূম্বা উচিশিংনা
ঙম্মা শেগায়রম্মে
ঐনা লিংলম শেংলম্বা
ফুরিং খোংগ্রাঙ।
ঈখেং শীন্থরি
ঐগী খোঙয়াদগী
খুবাক্কী
নাদগী
পুক্কী
হকচাংগী মফম খুদিংমক্কী।
অহুনা ঐ
তুম্নরোই অমুকহন্না
শঙহুনা লৈরগনি উচিশিং।

১৫। ১২। ১৯৯৩

# তুমশনখিবা

অসুম তুমশল্লক

অসুম তুমশল্লক

পীশক পীকশিল্লক্লে নশাদো,

চাকথেকপ্রে মৈরীনা নশাপুম্বা।।

অসিমক্তুদা

মখোয়না লেপ্তুনা ইনশল্লকই শীঙ

উং ওনবা ঙাইরি।

নঙনা উং ওল্লবা তুংদা

মখোয় হরাওনা চংখিগনি

মফমসিদগী।

ঐদি ব্রাহৌই

নঙনা উং ওনখিবদা।

১৯।১২।'৯৩

# চেক্কী দলান

মখোয়না লংশিল্লি নঙোন্দা
নুংহুম চেক্কুম।
নুংহুম চেক্কুমশিংহুবু খোমজিল্লগা নঙনা
শাগংলি চেক্কী দলান মখোল মখোল।
হন্দক্তি মখোয়না কাপশিল্লকই নোংমৈ
নঙগী চেক্কী দলান্দা,
অদুবু নঙগী দলান্দগী থক্তোরকপা নোংমৈ মরুশিংনা
পান্দুনা শি মখোয় ঙম্মক।
অঙকপনি নঙগী থৌনা
অঙকপনি নঙগী চেক্কী দলান!

২২। ১২। '৯৩

# থোৌরি

কনানস্ত শোকপীরুদনা
কনানস্থু য়েংশনবীদনা
নোংজু মুংশা মবক্তা
মতম কুইনা তাত্না লৈরকপনা
নোংথাং চাবে থোৌরিসে।
মতম অমদদি
থোৌরি অসিনা
পুল্লম্বনি অকনবা শামু লমশাশিং।
ঙসি পায়খৎলুবদা
মপাঙ্গল শোল্লম্নে শক্তি য়াওরমদ্রে
ইপং পংলম্নে শিঙ্জিন্নবা য়াদ্রে
অকনবা শামু থোৌরিসে।

২৫/১২/'৯৩

# হূই

অরৈবমথৈ চাশিল্লুরগা
অরৈবমথৈ থকচিল্লুরগা লুখাকংকোমদগী
খোরকই হূই অমথক
খোংলকই শড়ক ময়াইদা গৌ গৌ।
মশাদি লেংঙম শাঙমদ্রে
মখোঙ্গেলদি হৌই।
অরাক অরাকপা মীদা খোংই।
থাদা রাংদা
নোংপোক্কা নোংচুপ্পা
অমদি নোংথক্কা
ওনশিন ওনশিন্দুনা খোংই
ওনশিন ওনশিন্দুনা।
লীচৈ পায়বা নূপা অমা লাকই
মহাকপু উবদগীদি
চেনখি হূইহূ মথুন থাঙন্তুনা।

২৭।১২।১৯৯৩

# মৈচাক

বসন্তগী মত্তমদা
মচু মচুগী লৈশিংনা চয়োম শানা শাংখিবা,
ঙসিগী পোইম্নু থায়াইসিদদি কদায়,
নিংথমথাগী অইংববু শাংঙমদবনা
কেনথ্রবরা ঙয়া?
অদুবু ঙসি অয়ুকসিদা
লৈ খরদি শাংলি
থোনা ফনা হাই হুয়ত্তুনা।
মুংশিবা অমদি শান্তিগী গুণবু শক শোল্লহুনা।
শাবী শানৌ খরসু ফন্নি মচি মচিদা
নাথৈহুনা সহরগী নিল খোংবা
লোক্তুনা নিংথম মুংশা
শাহুনা রারী মুংশি মুংশিবা।
সিফাইশিংগী মমিং থাবা মুংপাকশিং
এ. সি, জে, কেল্লাগ; পি. হেবিসন, ক্রু ইকশেঙ্কনচিংবনা
ভুম্পক ভুম্পক তাশিন্দুনা তারি রাবী
মখোয়গী থরায়না
নুংপাকশিংসিগী মথাদা
কপ্লি লোম্না মৈচাক মৈচেম্নরহনা
মুংশি লৈকোলদা শাম্নরক্তবগী
নোংমৈ গুলিরক্তা চৎলকপগী
মীগা মীগা মীমুংশি খঙদনা হাৎনরকপগী
অঙম্বনা মায় পাকপা শরুরকপগী।

২৯।১২।'৯৩

## কনবা তান্নবা

খৎনহুনা হায় ঐনা ঐগী মুপীদা
"মুপীদি ঐখোয় মুপাগী মথাদা লৈগদবনি
নরায় তাইগৎপা য়ারোই
নখোয়দি নপাঙ্গন শোল্লি,
ঐখোয়না নখোয়দগী কনবা হেল্লি শিংবা হেল্লি।"
মোমোন নোক্লহুনা ঐগী মুপীনা
ঐগী নাদা পায়রকই
"ননাত্তোম্দু য়েৎহুন্না লেংগদৌরিবনি
য়েংনসি হান্নবা কনানা কনবগে।"

৩১। ১২। ১৯৯৩

# উকং

উকংশিংনা চেল্লী লম্বীথকসিদা
থেংগাযনৈ অমগা অমগা
পুমতেক তেকই, উকং অমথক লৌখৎপা যাদনা।
উকংনা শাবা মীশিং লাকই
মথোয়না শৌখত্তুনা পুখি
অাংকপা উকংশিং।
মৈ থাদোক্লই মচি অমদা উকং ময়াম
মৈদুনা চাকথৎলদুনা লাম্লকই মবৈ হা হা তম্লদুনা
য়ায়বকই উকংগী মীশিংদা
মথং মগং চাক্লকই
উকংগী মীশিং।
মৈবিমগী ভাইগ্রে মফম খুদিং
পুমভাঙ ভাঙলে
পুমশা শারে।

২ / ৫ / ১৯৯৪

# থম্মাগী জগোঙ্গ

থম্মাথকী লাইজন।
কয়াগী মতিক রাজব৷
মালংবা মানা হম্মকপদা।
থম্মা মাদি হুঙাইরিনি
হাই হুম্মা জগোঙ্গ শাজনিংলিগনি
থেক্বা থেক নৌগ নৌ।
পামজবা ফৌরোই তুংইম্মা
হুম্মকই মালংনা থম্মারক্তা
শাগংলকই থম্মানা জগোঙ্গ।
তনিক তনিক খাংজরম্বা থম্মাথকী লাইজ
ভিনখি ঈপাকথক্তা।

২২/১১/'৯৪

# নৃংদুম

নূংহুন অমা তারি শড়ক ময়াইদা
অমা লাকই কাওরম্মী
অমা চংখি কাওরম্মী
গাড়ীশিংনা তকখায়বম্মী মশিং খঙদনা,
অহুবু মচেং অমত্তা কায়দা লৈত্তে
হান্নগী শকওং অংম্মক হোংদে।
সাইকল থৌবা অমা লাকই
সাইকল বেরা তৌহুনা থাম্মী
মমিং কয়ানি মথৌ লৈতনা তাহুনা লৈরক্লগা নূংহুমহু
খুনগংখি মুপাহুনা
মহাক্না সাইকলহু কোক কোক শুজনখি
অহুগা নূংহুমহু ন লাদা থাদরম্লগ
চংখি নিঙাইদনা সাইকলহু থৌরহুনা।
হৌজিক্তি
গাড়ী অমতনা মহাকপু তক্লত্ত
মথোঙনা কাওরদ্রে লম্মী চংপা কনানা।

৩০।১১।১৯৯৪

# অচীকপা উমং

নাপু মচুগী উমংনি
উমং অসিদা চংখি নঙনা
অকংবা উনাশিং খোঙনেংনহুনা।
নঙবু খামখি চংকম্ হায়না
নঙগী শম্লাংশিং অমদি ফীজি ফীনাশিংনা।
উপালশিং পরেং পরেং হৌরি
অকংবা উনাশিংনা লৈতেংলহুনা
নঙগী নথক্তা কেল্লকখি উনা মপৈ মপৈ
নোং চুবঙ্মা।
নাপু মচুগী উনাতনা য়োমখি নংগী চকচাং
অহুদগী য়াতাখি নহাক
মালেম লৈশাদা তিনখি নঙগী চকচাং
লৈবাকতিনশিংনা মচেং মচেং ফক্লুনা চাখি।
কম্বীসিদা উমংগী
কনাস্থু চত্তে কনাস্থু লাক্তে
ইচীক্তা চীকই মতমচুপ্পদা
ঈশৈ শক্লকপদি তায় অঙকপা খোঙ্গেলনা
খাদগী রাংদগী মচি মরুমদগী।
কনাগী খোঙ্গেলনো শক্লিবা ঈশৈশিবু
কনানা শকপা ওইগনি নংগী থরায় নত্তনা।
উমং অসি নঙগীনি,
অহিং মুংথিল অয়ুক মুমিদাং
শাম্নফমনি নংগী থবায়না।

নখক্তু শান্নজবা কেকু লোংপী
নথক্তু। শকপা ঈশৈ
উপালশিংসিনা য়েংহৈ, তায়
অহ্নগা নঙবু হরাওনা কৌহি "নকুপ!"

২১ / ১ / ১৯৯৭

## হন্দোকথাক

অতেক অকায়গী পোৎ ময়াম লৈরি
উফুল ইথাং থাং।
নোংমা নোংমগী কোৎহিলং কাশল্লকই,
নোংখাং চারকই, কীন্থরকই, তেকথ কায়থরকই।
কনানসু লাক্তুনা খুনগৎলদে
হন্না কাওবা য়েংলদে।
যন লোয়তান্নরকপদা
নেৎশল্লম্মী মখোঙনা চবেৎ চবেৎ,
চনেৎ শারবা অতেক অকায়শিং
তাহনা অসুম্মক লৈহৌরি।
নাপী হৌগৎলকই মথক্তা
মোংশোং ওইরকই,
হুইশিংনা লাক লাক্তুনা
মথী হেক হেক ফাইজল্লি।
মপান থোকফম ওইরকই
লমজাও চৎপা নহারোলশিংগী।

২২ / ১ / ১৯৯৪

# পোল্লুসন

লাঙবা নিনবগী খোঞ্জেলমক্তনি
তারিবসে মফমসিদা।
মায়কৈ খুদিংমক্তগী ফুজিল্লকই
শেংদবা মুংশিং।
খব ফুনগৎলকই মফমসিদা ফম্লিবা মীওই খুদিংমক
হৌগত্লুনা মহৈ মহৈ চেম্বোক্লবকই তথক তথক
লাঙবা নিনবস্মু হেক্লৎলবই
অমগা অমগা থেংগায়নৈ চেনবদা
অমগা অমগা লাউনৈ
মবোল মরিদি অমত্তা খঙনদে।
"নোইজ পোল্লুসন
এয়র পোল্লুসন
পোল্লুসন পোল্লুসন"
রাহৈশিংসি লাউরগ লাউবত্নুনা অঙংশিংনা
চঙলক্লুনা শাম্নরৈ মফমসিদা
খুদি থীত্নুনা তুশল্লি
রাম্ব রাম্বত্নুনা তারিবা মীশিংগী মথক্তা
রাম্বখি মখোয়স্মু অমমমত ওইনা।

২৪ / ১ / ১৯৯৪

# থোঁদোক

মফম অসিদা
ফম্লি মী কম্বা তুমিন তুমিন
থরনা কেপ্লি
থরনা চৎলি,
মথোয়গী মায়থোংদা নোক খেবগী মমি তাদে
লাংতক্লবগনা থল্লি
নুংশুক নুংজাননা উই মথোয খুদিংমক।
ফম্লবশিং ফুক ফুক হৌগত্তুনা চৎনখি
মীওই হরা অমুক নাক্তুন ফৈম্লে
মরু ইরুক লুপথনা
নাপীশিং ফোইরে খোইশাওননা
থ তুম্না নৈপাক্তা শুরৈ হভিন হঙিন।
তপ্না তপা হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্বশিং
ইথং থংহৌদনা চেন্নখি গুরুং গুকং তফিং তফিং
তাঙ্গাসিদা পোকথায়রকখি শক্তি নৈরবা রাম অমা
অহিংবা মীওই অমত্তা উথিদ্রে হৌজিক্তি
মফমসিদা নৈরম্বা মীওইশিংদুগী
চোংশা মচেৎ মচেৎশিংনা পীক থল্লে
ইত্তনা পুমডাও ডাওরগে।
শাহিং চাবা শাশিংনা
হরাওরদুনা চেনশিল্লক্লি
চোংশা মচেৎশিংদু মবুক থল্লা চারি।
মবুক পীক পীক থল্লকপদা
তুমথরক্লে নাখোক্তুনা
ঈশনাই মরকসিদা।

১/১/১৯৯৪

# অতুম্বা হাৎপা

কবুই কৈওইবগুম্না
কৈ হেক হেক ওন্দুনা নঙনা
মী কয়া চাপ্রে মশিং খংদবমনি ।
নোংমা নোংমগী
মীশিং অসুম অচুম হুম্বরকই ।
নঙবু হাৎননবা খুৎলাই পায়বশিং থোবকই
নঙবু কোইথি থিরকই
ফংবদি লৈতে ।
মী পুম্নমক তুম-হিপগ্রবা মতমছুদা
থোরক্নুনা নঙনা
হাৎলি অতুম্বশিং
খৌরি চরম মেৎ মেত্তুনা ।

৩/২/১৯৯৪

# অহিং অথেঙবদা

অহিংনা অস্থুম থেঙজিল্লকপদা
হূইশিং মখে লাংলকই
লৈরক কোনশাং শীনবা গুংনা
চংলকই নীংতম্না।
লাব শঙ্গু শঙ্গুনা
ওনশিন ওনশিন্দুনা খংনরকই
অমোম হাকনগীদমক
চীক্লরকই ইহিং নাইহিং শাবমখৈ :
চরা তেনবমখৈ খংনরুববা তুংদা
হঞ্জলকই হূইজাও অমা ময়ুমদা।
য়ুভাউবা মপুত্থু তাবদ্মী অশিবগুম থোঙ্গাংদা,
তপ তাবমখৈ ওথোক্লম্বা অওবথু
মবুক থনবমখৈ চারগা
হৌদোকপা লাক্লরি লেকপীত্থুনা মমাঙ্গদা'

৫।২।১৯৯৮

# অপুন্বা শা

মী অমা লাক্লম্মী
চাবেং চাবেং ভাংলম্মী ।
মী অমশু লাক্লম্মী
মতিল থুই শিংলম্মী ।
অপুঙ্গা শাতুদি অস্থম পংথ পুমথরকই
নোংমা নোংমগী
নোংমা নোংমগী ।
নমথীরবা মনমহুনা
লম্বীাহুদা কনাস্থু ফাওহুনা চংনাত্রে হৌক্তিক্তি ।

৬ । ২ । ১৯৯৪

যৌথি অমস্লুং শায়ু শবশা,'৬৭

# মাঙখিবা

উচেকশিংনা পাইখৎলি রাংনা রাংনা
রাংখৎলকই অস্তুম অস্তুম
সুংলেপ লেপ্তে রাংখৎপা
পেনবস্থ নাইদে রাংখৎপগী ।
মাইল লিশিং কয়া রাংখৎলক্লবদা
য়েংথরকই অমুক্তং মালেমদা ।
পীশক পীকশিনথ্রবা মালেমবু উরকপদা
কপলক্লে উচেকশিংদো
মপী চহুম চহুম শীস্থরহুনা ।
লেপ্তুনা অস্তুম রাংখৎখিবদগী
উখিদ্রে য়েংথরকপদা মালেম,
উফুল ওনথ্রে
মনিলগুম্মা মাঙথ্রে ।

১৬ । ২ । '৯৩

# খোঁগংলবা লৈকংলা

লৈচিল থাংত্রবা অতিয়া
করি লৈরি নঙগী ফজফম।
থরায়পাম্বশিংনা শাপ তৌরি নঙবু য়েংহল্লুনা,
নঙদি তুমিন্না লৈথোক্লি অস্থুম্মক নিঙাইবা লৈতনা।
তাদবরা শক্লিবসে অরাবা ঈশৈ
খোঁগংলবা থরায়শিংনা
লৈকংলাথকসিদা কোয়না চত্তুনা।
"ঈশিং, ঈশিং, ঈশিং"
মচীন্দা ঈশিং শোল্লহুনা
খোংলি খুজিন্না লৈমায়দা কপ্প কপ্পহুনা।
ঈশিং থিরিবা মীওইশিংগী মমীওগী
পীরাং মরিক থরদং তারকপা নত্তনা
ঈশিং ঈরিক অমত্তম্ব তারকপা লৈতে অতিয়াদগী।
ঈশিংমক্তা ঙায়রবা সমুদ্রদদি
লেপ্তুনা হৈথরি ঈশিং
চুরি নোংঝম ঝম,
চেস্থরি তুরেলনা রা রা।

১/৩/১৯৯৪

# উফুল

উফুলশিং লেপ্তুনা পাইশিল্লকই মশক্তি উদনা
ঐগী মায়দা, খোঙদা, খুত্তা ফি-রোলশিংদা।
কবিস্ম থল্লুদে, থৌশা রাশাকুদে
মখোয়দি পীকথ্রবা শকউদব পোংনি খন্দুনা।

ঐগী শূবীদ্রবা ফি-বোল
মোংশিল্লকই নোংমা নোংমগী।
ইকুজবীদ্রবা হকচাং
মুবা থাংজিল্লকই হেন্না তেম্না।

নাকোং নাতোন্নচিংবদা
থাংজিল্লকই নপথীশিং মনম মনম।
ফীভমসিদদি উফুলশিং অসিনা
নোক খেরহুনা
হেন্না হেন্না থোমজিল্লক্লি
চঙজযম পীবীবে খঙলহুনা।
ঐগী শম্খোঙ শম্নাশিংদা
ময়মশিং শাজিল্লকই, ইমুং কয়া শেমগংলকই
অতুগা চাবোল শুরোল শন্দোবক্লি।
মচা মশুশিংনা মখোঙ পাল্লকুনা
ঐগী মীং অর্নাদা
চঙশিল্লক্লি মবি মরি।

২৩ / ৩ / [illegible]

থৌরি অমগী শাম্নু লমশা/৫০